# য়েংলু
# য়েংলুযদা

**YENGLU-YENGLUBADA**
(Poetry) written by Lanchenba Meetei
& Published by S. Leiyarembi on
behaf of M.L.S. Publications in Jan.
1991.



১৯৯১
জনুয়ারী
অহানবা কোন্ডবা

মখুম [illegible]
বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

মমল
লুঃ ২৫/- ( [illegible] )

অকোঙবী
সাগোলসেম লেয়ারেম্বী, সাগোলবন্দ মবুদো
মন্ত্রী লৈকায়, ইম্ফাল মণিপুরনা এমঃ এলঃ
এসঃ পব্লিকেসনগীদমক কোঙজবা

নম্ফম
ইউনাইটেট প্রিন্টিং এণ্ড রবর ষ্টাম্প রার্কস
এরিয়ান থিয়েটর, হোলগী মনাক ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

থা খরগী মমাঙদা লোংবা অপুক অমা, ফনা কুইনা শ্রীবীরেন্দ্রগী যুমদা নহা ওইবিরা কবি লনচেনবা মৈতৈগী হৌডিক ফাঙলবা ‘য়েংলু-য়েংলুবদা’ হায়বা লাইরিক অসিনী থুংহই ওইনা লৈরিবৈদ পানখি। শৈরেং থব খদোক থনখিন তেংবগ লোয়নবা অতৈ রারী কয়া শংখি। মতম অদুদা এডোন্দা ফাওখবা রাখল অহৌজিক ভগোনা নংশিংবদি ভগদ্রে। অদুম ওইনমক, এডোন্দা নৌনা থোকপা ফজবা ইবেঙবী কযাং লৈবো' অমা মিস্তু অস্তুম উবদৌনদি তৌখি। ছন্দক মাগী লাইরিক অসি ছাপ তৌদুনা পুথোকলে। এডোন্দা রাকৌদোক মচা অমা ইযু হাযদুনা অমুক্কা কুপ্পা পাবগী তানজ অমস্তু ফংলে অমুক্ক নৌনা শাবদ লেংনবে— নহ ওইরিবা কবি অমগী তেংখাযবা মৈংয়েং কয়াগী লিংবিবেল ওইবা মহাওগ য়াম্নবা, চপ' অমস্তুং থাং-মেঙ্ব অংগা কংগুম্বদনা লুংঙাইতবগী, শেন্দগী অকনব' ইংখিল পীবা, অদনবা থংমোযগী ঈহুংস্তু ফোঙদোকপা মখল মখা শয়াংগী বিষযদা গুপ্নতগী পরেং মঙাতলা শাবা, তেনগ্রবা অতুগা মপুংফাবা রাখল অমমম্ মযেক শেংনা ফোঙদোকপা শৈরেং মখল অমা। রারী শাৰদা মানা ছায়, “পবেং অনৌ নক্ত্রগা মরীগী শৈরেং মতেক নক্ত্রণা শৈবেং মচা অসি য়াম্না ইবৈ। মযামগা মান্ননবা হংযদুনা পরেং মঙাগী ইহুনা চাংযেং তৌবনি। অহানবদা ছন্দ নাইন' ইরম্মী, পূম্নমক্কা

ছন্দ নাইনা ইবসি য়াম্না অরাবা অমসুং অকুবা ওইদুনা ছন্দ নাইদনা ইরবনি।"

লনচেনবা মীতৈগী শৈরেংগী লাইরিক অসি মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মখল অমনি। লাইরিক অসি বিষয়গী মতুংইন্না তাংকক্ তরেৎথোক্না খায়দোকই। পুন্না শৈরেং ১০০ য়াওরি। শৈরেং খুদিংমক পুন্নগী পরেং ৫/৫না শাবা অপীকপা শৈরেং মচ ওাক্কুনি। পরেং অনী নত্রগা মরী নত্রগা মঙানা শাবা ওইরবসু অপীকপা শৈরেংগী খুৎই মওং অসি অবিবা শৈরেং নত্রগা লোক সাহিত্যদা কবিশুম্বা মতাঙ-মতঙদ থেংনরবসু অককুবা শৈরেংগী খুৎই অমওইনা, তশেংনা খঙনা অমসুং ভাব তানা ইবদি কবি লনচেনবা মীতৈনা ওইরে। আধুনিক মণিপুরী কবিশিংগী মনুংদা শৈরেং মচা নত্রগা অপীকপা শৈরেং ইবসি লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহনি। চাইনীজ অমসুং জপানীজগী অতেনবা শৈরেংগী প্রভাবতগী মানা অতেনবা শৈরেং থরা ইথি। অদুম ওইনমক মহাক অতেনবা শৈরেং ওাক্কা ইবদি নত্তে। অদুনা জ্ঞান তানা অপীকপা নত্রগা অতেনবা শৈরেংগী খুৎইবু চাংয়েং তৌদুনা ইরিবা কবিদি লনচেনবা মীতৈনি।

অপীকপা নত্রগা অতেনবা শৈরেংগী শাংলবা পরম্পরা অমা লৈ। ভারতকীদা নত্তনা পৃথিবীগী ওইনা খ্বায়দগী লিরবা সাহিত্য ওইনা শীংথানরিবা ঋগ্বেদগী সংহিতাদা ছন্দ নাইনা ইবা, লাইশিংদা খুকমজবা স্তুতি ( prayer ) কয়া য়াওরি। হায়রিবা বেদস্তুতি অসি ছন্দ ১৪দা ইবনি। মপূং ওইনা ছন্দনা

গায়ত্রী, অনুষ্টুপ্, ত্রিষ্টুপ্, জগতী অসিনচিংবনি। অয়াম্বা মতমদা পদ মরীনা সূক্ত অমা শাবা অসি চংনৈ। বৈদিক সংস্কৃত মতমগী সাহিত্যদা নত্তুবা মতুংদা লাকপা লৌকিক্ সংস্কৃত কাল অমসুং মধ্য-যুগকী সাহিত্যদসু, ছন্দ কয়া থেন্নবসু, পরেং অনী নত্রগা মরী নত্রগা মওানা শাবা অমীকপা শ্লোক, স্তবক্(শৈশ্বূপ) কয়া হৌবগী চংনবী লৈ। সম্বত্ ১৬৩১ দা ( চাউরাক্লা খৃ: কু: ১৫৭৪ ) চহী অনী, থা ভুরেং, নুমিৎ কুনতরুক্নি চমংনা অবধী লোন্দা হৈবা তুলসীদাসকী 'রাম-চরিতমানস' হায়বা মহাকাব্য অসি 'দোহা' অমসুং 'চৌপাই' হায়বা ছন্দ অনীসিদা হৈবনি। (দোহানা চরণ মরীনা শাবা পরেং অনীনি। অহানবা অমসুং অহুমশুবা চরণদা মাত্র ১৩/১৩ লৈ। অতুগা অনীশুবা অমসুং মরীশুবা চরণদা মাত্র ১১/১১ লৈ। পূন্না মাত্র ২৪ নি। চৌপাইনা চরণ অমমম্না পরেং ওইবা পরেং মরীনা শাই। পরেং খুদিং মাত্র ১৬/১৬ লৈ। পূন্না ৬৪ নি।) মখাদা 'রামচরিতমানস'তগী চৌপাইগী খুদম অমা লৌথোক্না উৎলি —

সন্ত অসন্তন্হি কেয় অসি করনী।
জিমি কুঠার চণ্ডন্ আচরনী॥
কটই পরসু মলয় সুনু ভায়।
নিজ গুণ দেই সুগন্ধ বসাই॥

—রামচরিতমানস: উত্তরকাণ্ড, ৩৭শুবা পদ

(সাধুগা শৈতানগা অনীগী থেনবা থৌদোদি অওক্পনি।
চণ্ডনগা শীংজওগা অনিগী মাম্নবা মচোরিৎকা পাংথকনি॥

তারোনে ইনাইইবুংঙো শীংজগনা য়ানশীনবিরি চগন্ পাম্বীদা। চগনগী মশাদা য়াওজবা মগুম্না শীংজগবু মনম চুংশিহল্লি।) ১

পৃথিবীগী ওইনা খ্বায়দগী তেনবা, অপীকপা শৈরেং মচা ইখগী লিরবা পরম্পরা লৈবদি জপানগী সাহিত্যনি। চহী ৫০০ হেন্না চংনরক্লবা 'হাইকু' হায়বসি য়াম্না তেনবা অপীকপা শৈরেংগী মওং অমনি। মমিং চংলবা কবি, Yosa Buson (১৭১৬—১৭৮৪) গী 'হাইকু' অমা মখাদা পীজরি—

নাসপাতিদা লৈ শাংঙি;
থাবলগী ঈপোমদা মুজা অং।
চিঠি পারি মকমগুদা—

(ইংরেজীদগী হন্দোকপা: অইবা)

মওং মাম্নরবসু, অসিগুম্বা অতেনবা ঈশৈ নত্রগা শৈরেংগী মওং অসি উর্দু সাহিত্যদা 'শায়রী' হায়গুনা লৈরি। মতৌ অম্মুম্না পৃথিবীগী সাহিত্য কয়াদসু শৈরেং মচা ইখগী মওং অসি থেংনৈ।

মণিপুরগী অরিবা শৈরেং অমসুং লোকগীত কয়াদা পরেং য়ামদনা শাবা শৈরেং মচা কয়া তঙনা থেংনৈ।
খুদম ওইনা—

মোংও চুখরো
হমুবী হমুবা তাউখরো
লাংজিং মতোন থুমহৎলো
পাৎশোয় মুরাবী তেকখৎলো।

---

১। অনুবাদ অসি কেত্রিময়ুম রাজেশ্বর সিংহনা তৌবনি।

অহুম ওইনমক, আধুনিক সাহিত্যগী যুগ য়৷ৌরকপা মতমদদি অসিগুম্বা অতেনবা শৈরেংগী মওং অসি মাওথিদগুম তৌরে। মরমদি আধুনিক কবি অমাম্বনা শৈরেংগী মওং অমস্তুং ছন্দদদা পুক্নিং কাহেন্না থমদবগী লোয়ননা অফা-অপুন নাইবা নিয়মদগী মুক্তি ফংনবা হোৎনরকই। নহা ওইরিবা কবি লনচেনবগী পরেং মচুংগী অপাকপা শৈরেং মচাংগী থুংই অসি অনৌবা হৌরকপা ঈংগী অমনি হায়না লৌরস্তু য়াই। মরমদি হৌজিক্কী মতমগী সাহিত্যদা অইবা কয়ানা অপীকপা থুংইগী মওং অসি মথল-মথা কয়াদা চাংয়েং তৌনরকই। অদুনা থোক্লকই—অপাকপা থারীমচা, নোবেল, ড্রামা অসিনচিংবা কয়া। অসিগুম্বা মতমগী দাৎনীদগী ওইরকপা অপাকপা, অতেনবা থুংই অমস্তুং মকোংদোক্কী অপুনবা ঈহৌদগী লাকপা মশক অমনি হায়না লৌবা য়াই।

লনচেনবগী 'অথুক তুংথিল অমদি তুমিদাং' হায়বা শৈরেং ২০ য়াওবা, অহানবা তাংকক্কী শৈরেংশিং অসি 'নেচর পোইত্রি'গী শকুম লৌরবা শৈরেংশিংনি। তুমিৎ থা থবান থাশিনচিংবা প্রকৃতিগী শক্রোনশিংবু শৈথাবা শৈরেংশিং অসিদা ফজরবা ইমেজরী, থরায় পান্দবা পোৎশিংবু থরায় পানহন্দুনা (Personification of the objects of Nature). সৌরজগৎ পুম্নমক থোনবা অপাকপা মীৎয়েংদা য়েংলকপা, কল্পনানা মনিঙ তম্না শাম্নজবা কুম্মৈ কয়া উবা ফংই। তুমিৎপু কবিনা শক্রোন কয়াদা কল্পনা তৌদুনা শৈথারি — পোকপদা

ভাইরিবা নরা, অশাউ শক্তমুন্নিব', চু পুরবা ভেনগী মশক-ওইরবা, লুহোংবগী বর ওইরিবা অসিনচিংবা। কবিনা প্রকৃতিগী শক্তোন শৈথারকপদা পোকহল্লিবা থংমোয় ঈহূলশিং, pathetic fallacy হায়বা ফজে। মুমিংনা অতাং নরা ওইনা মথোং কাউতুনা শাম্বগী ইমেজরী মাগী " নোংতাল্লকপসিদা " হায়বা শৈরেংদা উবা ফংই—

নোংমদোনগী শংবাল্লবা নীংথা মথক্তা
অতোবা লৈচিলগী কাংথন মতুংদা
শাম্বরি পোকপদা তায়রিবা মুমীংনা
তপ্তাংলবা মথোং মথুং কাওরতুনা
লোংপ্রাক লোংলগা মফি থোংদনা।

লামায় —১

অতুগা ' চহিগী খোংচং ' হায়বা অসিদনা মুমিংনা বর ওইরগা পৃথিবীনা কন্যা ওইনা কোয়না চৎপগী কল্পনা তৌরি—

তৌপ্রোক তোবা কিজোলনা লৈতেংলতুনা
মুমীংনা কম্লি অভিয়াদা বর ওইনা
পৃথিবীনসু কোয়রি মুমীংপু কন্যা ওইনা
মতৌতুদা গ্রহ উপগ্রহ থা থরানশিংনা
নোক্লি হুরাউনা মথরায় তাজনা।

লামায় —৪

বৈদিক ঋষিশিংনা অভিয়াবু লাইহুপা ( মপুরোইবা ) অতুগা পৃথিবীবু লাইরেম্বা ( হুপা ) ওইনা লৌরম্মী।

পৃথিবীদি ইমাগী শক্তমনি খেরায়পানবা জীব পূম্নমকপু য়োক-লীরিবনি হায়না লৌই। ঋগ্বেদ সংহিতাদ সূর্যগী লুহোংবগী বা পন্ত্রি। সূফী কবিশিংনা মরুওইনা ভারতকী চিন্তা সম্প্রদায়না শিবগী খোঙচং অসিবু আত্মানা বর ওইরগা কন্যাগী মশক ওইরিবা পরমাত্মাগী নাক্তা চৎলিবনি হায়না লৌই। তশেংবমক, কথিনা মসিদা পীরিবা কল্পনাগী মশক অসি ফজে। অমা অমুক য়েংসি মীনুংশি থওমবা মুমিংকী শরুম অমা—

ওসি অমুক ওস্তাসিদা
ওরাংগী নিশা কোকত্রিবা নুমীৎনা
কাংখোঙ তরেং পানবা মাঙ্গী পাড়ীহ
হাইনা হুয়া খোবকুগা তকথংশি
লোমী শিপাগী মথক্তা হুঙিন-হুঙিন।

— নিশা কোকত্রিবা ড্রাইভর —১৩

মসিদদি মীনুংশি মচা অমা য়াউরে। লৈবুক্তা রানা থবক তৌরিবা লৌমী-শিন্মীশিংগী অরাবদা কবিগী মীনুংশি পোক্লে। অসুম্না, তাংকক্ অসিগী শৈরেংশিংদা রাকচিং অমসুং থাপিরমদাই অহিংগী কজরবা ইমেজরী কয়াসু য়াউবা থেংনৈ।

'ঐ অমসুং ঐগী শৈরেং' (অনীশুবা তাংকক্ অপুনবা শৈরেং ১২) গী শৈরেং মচাশিং অসি কবিগী ক্রিয়েটিব প্রোসেস্‌অ (শৈরেং ইবদা) মাহুরোক্লুরিবা এক্সপিরিয়েন্স কয়া অহু অহিংবা থরায় পানবা জীব ওইহনবা কোঙদোকপা মওং অমনি। মাগী শৈরেংশিং অসি পায়গা কথি চাউথগী মমিং চৎলবা হায়রেং

'কবি ' হায়বহু নীংশিংই। কবি চাউবনা হরি —

"... মতম অহুদা মাথলগী ঈপোমনা পুক্নং থম্মোয়নচিংবা থুমহৎখিদ্রনা মহাক্কী রা ভাংখোক্লবগী পাঙ্গল মাঙখি, নত্রগা লাইতোংবা মাইবীগুম্না মরী লৈনদবা রাহে মঙা তরাদং ভাংবা নত্তনা মহাক্কী অতোপ্পা শাষ্ব লৈতে। মতম অসিদা কবিগী অবস্থা অহু য়েংবদা অরাবগী মশক্নি।" মসিগী চায়বা মঙ্গদা, কবি লনচেনবনা শৈরেংগী মঙদা ফোঙদোক্নি —

অমুক্তং থাদোক্লবদা
ফাজিনবা ওমদনা চেনখি
ঐগী ভাওনা কৈনা নারিবা রাহৈশিং
মতুদগীনি অস্নুম্নক ওইনথ্রিবা ঐভোন্দা
ঐগী শৈরেংনা থেম্বা য়াদনা।

মীৎকুপ অমত্তং শোয়খিবদা — লা: ১৪

অস্নুম্না ' কেকু লোৎপী ' 'লাকশিনবা ওম্নক্রবদা ' ' ফোঙদোকপা ওমদবা ', ' নাম্থোক্তনা চৎথ্রবদা ', ' নাম্থোকপা ওমদবা ', ' ইওমদবা ' অসিনচিংবা শৈরেংশিং অসিদা শৈরেং ইবগী মীৎকুপ্তা থেংনবা, ইবা অমস্নুং ফোঙদোকপা ওমদবা অরাবা, তোপ-তোপ্পা এক্সপিরিয়েন্স (unique experience) কয়া ফোঙদোক্নি। শৈরেং হায়বসি ওম্থোক্পা তমঙমত্রবা মুংগী পুন্সি ( inner experience ) অমদগী ওইরকপনি হায়বসি উৎলি। মসি উৎনবা হোৎনবদা 'ক্রিয়েটিব এক্সপিরিয়েন্স' অহুবু থরায় পানহন্দুনা অহিংবা জীব তাইবঙমী ওইনা উৎপা ওম্মী। কবিনা মীত্তা

শংশং উহল্লকই মুত্তি কয়া — ' ময়েং ময়েং চৎলকই শৈরেং ওইনা / মহুম শামনব' মালেমসিদা '; 'হয়েংদি শায়রনি ইমাঙ্‌দা চেন-চোংলহুনা'; 'অহুগা কোম্লে চেনশিল্লক্তুনা ইঙকসিদা চেংজেংননা ' ঈহিং নাইহিং শায়বা রাহৈশিং'; 'মখোঙ মথুং পুমপঙ পঙথরবা রাহৈশিং', 'নাম্বোকতুনা চৎখি ঐগী শৈরেং' — অনিচিংবা ।

'ঐ অমস্তুং অকোয়বদা লৈরিবশিং' ( অহুমশুবা তাংকক অপুনবা শৈরে' ১৮ ) অসিদা মরুওইনা কবিনা হৌজিক্কী পুন্সি অমস্তুং সমাজদা য়েংলকই অহুগা উংলকই মুংগী শক্লোন কয়া অরানবা, অশোয়বা, হিংবগী ফিভম, অচুম্বা থঙদবা, অহাঙবদা ঙায়রবা, মওইদগী তমথিরবা শকতম অসিনচিংবা, নুংবা কায়রবা অমা-শক্লোম কয়া । ' পোকত্রিবা অঙাংগী নিংঙাই' দা মীওইনা পোক্লিংদবগী রাথল ফোঙদোকই। হৌজিক্কী শাথিনা অরাবগী মশক ওইবব', য়েন তাত্রবা, তপথত্রবা পুন্সিগী মঙং অসি অকিবা খোম্থাংগী ঈনিল অমগা লোয়ননা মাগী 'লাইরৈবাকসিদা রৈরিবা খোম্থাং' হায়বসিদা ফোঙদোকলি —

হরাওবগী পুংলোম্না ধ্রুং-ধ্রুং
চৌক্রিগী লাম্না ক্রিক-ক্রিক
নহাবোলগী নোংমৈনা ধাং-ধাং
আমিগী বুটনা জবেং-জবেং
থরায়না হকচাংদগী ফ্রং ফ্রং ।

লামায় —৩৫

মীওইবগী তমথিরবা মশক অমবু মাগী 'মীগী শকলোন হায়বা শৈরেং অসিদা উবা ফংই।

মীনা মীবু পোকই অমস্তুং মোকই
মীনা মীগীদমক কপ্পোকই অমস্তুং শি
মীনা মীবু ওৎলি অমস্তুং হাৎলি
অহ২নি মীন' মীবু মতম খুদিংদা
ওক্লরিবা লুংশিনরিবা, তুকৎচনরিবা, কিনরিবা।

লামায় —৩৭

অহুগা 'লাষ্ট-ডেট' হায়বা শৈরেং অসিদনা য়াম্না নীংবা কায়বা খোঙ্গেন্দা মীওইবগী পুযলোয় লোইরগদবা ফিবম অমা য়েৌনা উবহু উৎলি—

যুগ-যুগ খুদিংদা লাংওনগদবা হে ঈশ্বর
নাখোক্তনা তুম্নগনু নঙ লৈগী শৈজাদা।
মালেমশিনবু উৎ ওইনা হেক তুমগ্রবদি
করিবু কান্নগনি য়ানা লাংওজরুবগী নঙোন্দা
মতমতুদদি নঙবু কনানস্থ নীংনরয়োই শোম্নরয়োই।

লামায় —৪১

'অচুম্বা অমস্তুং অয়ানবা' হায়বা শৈরেং মচা মরী য়াউবা মরীগুবা তাংকক অসিদনা 'অচুম্বা' লৈত্রবা হৌজিক্কী ফিবম উৎলি। অচুম্ববু মাঙ-তাকহনখিবগী অকনবা, অকিবা, তুজুংলবা মশক অমা মাগী অয়াংবা থাক্কী চীপ্পাক অসিদা উৎলি—

অচুম্ববু মক্রাঙ শেগাক্ শেগায়রগা
য়াইফৌ কোই ওন-থন্দুনা মুংশাদা. মৈশাদা।
অতূগা মকোক মঙ্ক অমদি মতোঙশিংছু
থুম মোরোকতা নম্ন নম্নগ' চাথোকই.
চাওখৎলবা মীওইশিংনা য়ুগা মারিছুনা।

লামায় —৫১

লাইরিক অসিগী অয়োইবা তাংকক্ অহূমগী শৈরেংশিং অসিদা ( কবিগুরুদা হনজিনবা থিম থরা য়াউরবসু ) অরুবা রাথল ফোঙদোকপা অথট্র্যাক্ত ওইবা শৈরে' কয়' থেংনৈ। শৈরেংশিং অসিদ লূখনা কুমতুনা লৈবা মীৎয়েং অমা লোত্তুনা থম্বদোনা তৌই। মতাংতুনা তাংকককী শৈরেং মচ ২৪ য়াওবা 'নঙ হায়বা অসিদা, সিম্বোলিক অমসুং মিস্টিকেল ওইরপ তৌবা মওংদা 'নঙ' গী শক্লোন কয়া পুথোকপগা লোয়নন' 'ঐ' গা 'নঙ' গা লৈনবা মরীদা লাইরমজেনগী ওইবা রাথল্লোমদা নয়া চঙশিনবা থেংনৈ। তাংকক্ অসিদা য়াউরিবা 'কামদবা থুংলোং' 'নঙগী কয়রা শকুম', 'হৈনরুবদগী' 'চৈরুরবা মতুংদা', 'হমিংতা ঙায়রবা মুক্তিশাবা' শৈরেংশিং অসি ঈশ্বরগা মরী লৈনবা কবিতাশিংনি।

'কামদবা থুংলোং'তা ঈশ্বরনা লোংলিবনি হায়না তৌরিবা অসি কামদবা থুংলোংনি, কবিদি মফম থুদিংদা ঈশ্বরগী মশক নত্রগা মঙাল উবা ঙম্মী হায়রি। তশেংবদি, মসি অরুবা রাথল

অমনি। কৱিগুম্বা spiritual consciousness কী অৱাংবা থাক অমা য়েৌদ্রবদি সংসারদা ঈশ্বরগী প্রতীক উবা ফংবা ঙমদে। মসি চুম্নগী উৱে হায়বা ৱাকম ( স্টেটমেন্ট ) অমা হায়বনা ওইবদি য়াদে। 'নঙগী করবা শক্তম' দা ঈশ্বর হায়বা অসিদি কপ্পা. শাউবনচিংবা সংসারগী মায়াগী রস ময়াম অসিগী ৱাংমদা লৈরিঘনি হায়বসি উৎলি। ঈশ্বরগী মশক, মতিক-মগুন খঙবা অৱায়বা নত্তে। ঙসিফাউবঃ ঈশ্বরগী চমম্নবা ৱাহংদা জ্ঞান তাদনা ল্পশিনচুনা লৈরি হায়বসি 'হৈনরুবদগী' হায়বা শৈরেং অসিদা ফোঙদোক্লি। কবিনা ( আত্মানা ) ঈশ্বরবু থিরি ঙাইরি মতম কুইনদগী অদুবু ঈশ্বরদি য়াম্না নক্লা. থম্মোয়গী কাচিন্দা লৈরমলে :—

নঙবু ঙাইরক্লিবসি কুইরবনি
লাকমন্দ্রবচুদা শাউনীংনা চৈরুবনি
অদুবু নোক্লকই নঙনা
থম্মোয়গী থুপ্লবা কাচিন্দগী
নক্লা, য়াম্না নক্লা থীক থীক।

চৈরুরবা মতুংদা — লামায় —৭০

অদুবু, কবিনা 'মমিংতা ঙায়রবা মুত্তিশাবা' কায়বা শৈরেং অসিদদি মীওইববু শেম্বিরিবা, অচোবা কলাকার ( The Great Creator ) ঈশ্বরবু ওইনরি. চৈরি অমস্তুং শাউরি। মানা ( ঈশ্বর ) ঙসিদি অচুম্বা, অফবা তাইবঙ মী শাবা ঙমদ্রে হায়ম্নি

নঙদি হন্নরে তশেংনংক
নমিংতা ঙায়রে নপাঙ্গল য়াওদ্রে নখুং নীক্রে
অফ-ফত্ত, অচুম-অয়ান মশক মুন্না খঙদ্রে
অহনমি নঙনা কয়ারক হন্না হোংনরুবদস্তু
শাবা ঙমদ্রিবা মীওইবা অমত্তস্তু মাসেমাসদা।

— লাঃ ৫৯

তাংককসিগী ঈশ্বরগা মরী লৈনদবা শৈরেংশিংগী মতুংদা 'সনা কৌ' লৌখংপ য়াই। মসিদা মপান্থোংগী ওইনা লৌউবগা ফোগা লৈনবা মরী উংলী। অহবু মতুংদদি শেনত্তাভু পায়বা মহাজন, অঙবশিংনা ('শেঙ্খীরকপা, য়োকপিরকপশিং') লৌমী-শিন্নীশিংবু (ফৌশিংবু) মশাগী ওইজনবগীদমক্তা ওং-নৈবা তমহন্না চাবগী ফজরবা ইঙ্গিং অমস্তু ফোঙদোক্লি—

শেঙ্খীরকপগীদমক নঙবু ঈশ্বরমক্লি নীংচরুই
অহবু ঐনা ঙসি মপুঙমৰে কাবক্লবাসদ
লুশমদা পায়হনা ঈকোক ককথংনবা
নখুংনা থাঙ্গোল থাঙ্গংলবতদা খঙলকই
ঐবু য়োকপিরম্বনি নঙনা স্পগী নবুক থম্নবগীদমক।

— লাঃ ৬৬

তরুকশুবা তাংককী শৈরেং ১২ য়াউনা 'ঐ' হায়বা অসিদদি 'ঐ'গী মতুংদা চঙহনা হুংগী মশক (inner reality, inner-self) খিবগী খোঙচৎ অমনি। মসিদা ফংই—ঐগী মপানথোংগী শক্তমদগী তোঙানরবা শক্তম অমা। কদিনা হুংগী অশেংবা মশকপু সায়খুম হাংদোক্লকপা মতমদা হৌজিকী ভাইবঙ মীগী অচুম্বা শক্তম

অহু থিন্দুনা তাক্লকই—হিংনা হিংনা শিবগা মায়ৎবা মওং (শিজবা ওমদবা) ; পূক্লিংগী অনৌবা ঈথিল ফংত্রবা পুন্সি (চফক্লবা) অসিনচিংবা। 'ঐ' গী অশেংবা মশক অসি মথাগী শৈরেং মচা অনৌসিনা কজনা মশক তাক্লি—

উ য়ানবা নুপাসে লাক্লে
মখুত্তা থোরবা শীংজঙ পায়রহুনা
অহুবু ঐদি লেপ্লি অসুম্মক
পোকপদগী লেপ্লক্লিবা খোংঙফমদিদা
সুংশা মপী হোল্লহুনা।

উ, লা: ৭৯

চংপসু, তাঙ্বসু, চেনবসু ওমত্রবা উ পাম্বী মানবু করি প্রতিবাদ তৌবা ওমগনি। শীংজঙ পায়হুনা উ য়ানবা লাক্লিবা নিপাসিদা। অরাবগী ফিবম্নি। অসুম্না হিংলি হৌজিক্কী মীওইন, গতি লৈতনা, সুংশা থীনা, রানা, সুংশা মপী হোম্না। অতুগা হৌজিক্কী মীওইবগী শকুম অমনা অকিবা, তুক্কচনিঙাই ওইবা, হিংসানা থনবা, মীসুংশি য়াউত্রবা মশক অমনি। মসি 'সুংগী ফিভম'দা ময়েক শেংনা কোঙদোকই—

ঐনা চঙলুডৈ ইশা মসুংদা
শীৎলম্মী হু পুবা সুংশীৎমা' কয়াৎ শীম্না
নৈথেকপঙম ময়াই কারবা শামুলমশানা
থল্লম্মী চাকখাউ মসুংদা ঈথেংতনা
তাউরম্মী মহুদসু অহিংবা শদোং মচেৎ-মচেৎ।

— লা: ৮০

লাইব্রিক অসিগী অরোইবা অমসুং তরেৎশুবা তাংকক্তা 'পুন্সি অমসুং অশিবা' কৌই। মসিদা শৈরেং মচা ১২ য়াওই। মরু ওইনা ছিংবা অমসুং শিবগী সমস্যা নৈনবনি। কবিনা হায়রিনিং- লিবনা শিবগী খায়াত্তগী তাইবংমীনা নাম্লেংকপা ঙমদে। অশি- বনা তশেংনা লাক্লবদা পুন্সিনা কিচুনা থক থক নীকপগী মশক 'মায়রোক্লবদা' দা উংলি 'থোরাক্লিংনবা' দা অশিবনা ঙম্নবদা পুন্সিগী অরাশক্লোন উংলি; অশিবগী রাখল থল্লুবদগী পুন্সিগী অর্থ মাঙখি (লক্লা উকবদা); অশিববু ঙম্নবদি খল্লম্মী অদুবু অশিবনা ঈথক্তা তোংঙনা থোরম্মী (অশেংবা) অচুম্বা অসিনাচিংবা। অসুম্না কবিনা অশিবগা লাম্লেংনবা ঙমদবা, অশিবগী অকিবা খঙম অশিবগী শক্তি উংলি। অদুম্নদি ওইরগা, কবিনা অশিবগী শৈরেংশিং অসিদা আধ্যাত্মিক ওইবা অরাংবা রাখলগী তাংকক্ অমদি য়োনা উংপা ঙমদ্রে। মরমদি ভারতকী আধ্যাত্মিক ওইবা দর্শনদাদি শিবা হায়বা অসি য়াম্না কিবা, তরোয়বা পংথে ওইনা লৈদে। আত্মাদি শিবা নাইদে। শিবসিনা হেন্না ফবা মপোক অমগীদমক শেমশাবনি হায়না থল্লি। অদুনা অশিববু তরায়না ওকই।

লনচেনবা মীতৈ নহা য়াম্না ওক্ত্রিবা অইবা অমনি। হৌজিক কাউবদ লাইরিক মরি ফোঙহনা 'নৈনা চিংশিল্লক্লিবা নৈই (শৈরেং, ১৯৮৮); মীংকপ থোক্লকপদা মঙলাক্লবা (ফ্রারী মচা, ১৯৮৯); অনৌবা শৈরেং (সম্পাদন, ১৯৯০ : মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তৌগ্রবা থরায় য়াংলো বনম পাম্নরিবা,

মণিপুরী সাহিত্তাবু পুংশিবা মীশক অমনি। মাগী হন্নক কোঙলিবা 'য়েংলু-য়েংলুবদা' হায়বা শৈরেংগী লাইরিক অসিনা অপাংশিংদা শৈরেংগী তোপ-তোপ্পা মহাও অমা পীবদা নত্তনা অনৌবা চাংয়েং লম্বী শমস্থু কাংলে। লাইরিক অসিনা মাবু অনৌবা কবিগী আসন অমা কংহল্লে।

অনৌবা চহী
তাং ১/১/১৯৯১

ডা. নাংমাইথেম তোম্বী সিংহ
মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়

# ৱারোল অমতং

হৌখিবা চহী ১/২ গী মমাঙদগী মনিপুরী সাহিত্যগী ওইবা আবো-আবোবা পোথোক কয়া পুথোক্লবা এম, এল, এস, পব্লিকেসনসনা হোৎনরক্লি। হন্জক ১৯৯০ গী ওইনা লৈনচেনবা মীতৈমা ইবা য়েংলু-য়েংলুবদা হায়বা শৈরেং লাইরিকসি পব্লিকেসনসকী ইডিটোরিয়েল বোর্ডনা থবনংপিরকপদগী মীয়ামদা লাক্লোকচরি।

আবো আবোবা ইমেজরী, সিম্বোল অমদি টেকনিক কয়া শীজিন্নদুনা ইবা মরম্না চংথরক্লবা মণিপুরী শৈরেংগী শাঁচেলদা হন্জক পুথোকচরিবা লাইরিকসিনা আবোবা খুদোল অমা শোয়দবা তমগনি নীংই।

বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম
ভাইস প্রেসিডেন্ট
মনিপুরী লিটরেরী সোসাইটি
(এম: এল এস:)

তাং ১৯-১২-৯০
ইম্ফাল

# অইবগী মায়কৈদগী

চাকচা-হৈজানবদা মথেল লুকোয় য়াম্না চাগনবা কাঙলুপ অমা ওইজরবসু অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা শৈরেং মথেলগী মচল সুবদি ইরাং রাংলিবশুম মতম থুদিংদা নিংকোক্-নিংকোক্ তৌবা অমদি অদুম এঙান্দা মৌরারে। মসিমক্তনি "য়েংলু-য়েংলুবদা" হায়না মিংথোনবা লাইরিকসি পুথোক্লবগী পান্দম অমা মাঙওইনখ্রিবা। পান্দমসিগী মথা পোম্না লাইরিকসিনা পাউম ওইদুনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী শৈরেংদা করিনো অনৌবা খরদং হাপচিঞ্জবা ঙমজরবদি হোৎনজরিবসিদগী থোইদোক হেন্দোক্লা মহৈ য়াম্লে নীংজগনি।

লাইরিকসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মখল মথা কয়াগী তেঙবাং পীবিখিবা ইয়াম্বশিং- মোইরাংথেম ইরৈ, নোংমাইথেম তোম্বী, শ্রীবীরেন, য়ুমলেম্বম ইবোমচা, মরূপ বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম, ইনাও শরত খুমন অমদি য়ুনাইটেৎ প্রোন্টিং এণ্ড রবর ষ্টাম্প রার্কস, নোপা কৈথেলগী মীওইশিংবু হঞ্জিন-হঞ্জিন থাগৎচরী।

অইবা

৫/১২/৯০

কচ্ছবা —

ঐখোয়গী হয়ংগীদমক্
নোক্লা থরায় বৎত্র বাশিং
নাখোয়দা নৎতলদি কনাদা কৎলুনি
ঐগী চম্লবা থুদোল
“ য়েংলু - য়েংলুবদা। ” ।

# মনুংগী লমায়শিংদা

অচুম্বা

অমসুং অরানবা

( মরিশুবা তাংকক্ )



নঙ

( মঙাশুবা তাংকক্ )

| মশীং | মমিং | লময় |
|---|---|---|
| | পুন্সি | |

অময়সুং অশিবা

( তরেৎশুবা তাংকক )

# অয়ূক্ মুংখিল
# অমদি নুমিদাং

( অহানবা তাংকক্ )

## ১ নোংঙাল্লকপসিদা

নোংমমোনগী শংবাম্নবা নীংথা মথক্তা
অঙৌবা লৈচিলগী কাঙথন মনুংদা
শাম্নরি পোকপদা ঙাম্নরিবা নুমীৎনা
তঙাংলবা মখোঙ মখুৎ কাওরদুনা
লোংখ্রাক লোংলগা মকি থোংদনা ।

৪।২।৭০

---

## ২ শীংনরক্লবদা

নোঙ্গোবী কয়ানা লেকথদুনা তারবদা
এনা লাউরুই নুংহীক্লরদুনা —
"নোং ও চুথরো, লাংজিং মতোন থুমহংলো"
তারুবদা নুমীৎনা সুক্তোক্ত্রুনা য়েংথরকই শাউনা
'দুগা চোংথরকই মালেমদা মকি শেম্লদুনা।

৭।১।৭০

———

## ৩ খোল্লাউ

নুমীৎকী হু পুরবা তেনবু ময়াই চমহল্লুবদগী
থাবু কিমুনা মাকোক খুমজিনবিরগা
থোরী য়াম্নুনা হাংতোকপিথিগু
থরানশিংনা নীক্কি কিবনা থক-থক।
লৈথক-লৈখাদা লাউনরকই কনবিয়ু-কনবিয়ু।

২২।২।৭০

———

## ৪ চহীগী খোঙচং

ভোম্রাক ভৌবা কিজোমনা লৈতংলদুনা
নুমীৎমা কান্নি অতিয়াদা বল্ল ওইবা
পৃথিবীমসু কোয়রি নুমীৎপু কন্যা ওইনা
মতোদুদা গ্রহ উপগ্রহ থা-থবানশিংনা
লোক্তি হরাওবা মথক্রায় তাজনা।

২৫ / ২ / ৯০

---

## ৫ অকিবা মীৎয়েং

নোংমাদোল অতিয়াগী থরানশিংনা
অমুবা ফিজ্জং মরুমদা লোৎলদুনা
করিগী য়েংলিবা থক-থক নীক্লা বিরদুনা
বিজ্ঞায়া মকি পুম্নাথোক থোকাতোকপিরগা
নমদুনা ইজ্জং মাঙহনবিরবী মালেমশিংবু।

১৪।৪।৭০

---

## ৬ মায়থীবা

থাশিগী অহিংসিদা সমুদ্রগী ঈশিংনা
পাথংনা চেনথংলক্লগা কংকান তম্না
ঐগী পুম্নচাক্ চাক্লিবা থাম্মোয়দা চঙ্‌খি।
'দুগা থোরকই নীঙমদা মৌংলু অনীদগী
কোঙ-কোঙ শারবা থুমহী চেন্না।

১৭ / ৩ / ৭০

— — —

## ৭ পাম্বৈ লৈতবা

চোংশিন্নক্রিবা মালেমসিগী অরাবা পিবু কংহন্নবা
নুমিৎনা কন্না মঙাল ফুদোক্লুঙ
চোকথরদুনা ফম্মি তুমিন্না অতিয়াদা
মৈশা য়াওদনা তাইফেৎ তাইনা
মখোঙ-মখুৎ কোনশিন্নদুনা।

১৯।৩।৮৯

---

## ৮ ফি থোংদ্রবী অহিংগী জগোয়

মাথোং কারক্লিবী থাশি অহিংনা
মশাগী কয়াং খুদিংমক উংথাক্লা
জাগোয় শাবদা মফি শেংতনা
হাইরং-হাইরং তান থারি নুংশিংনা
মচোন্দা মুনম রা-রা নম্রদ্‌না।

— —

## ৯ নুমীৎনা কপ্লি ও খোংনা

লেপ্তনা হেনগৎলক্রিবা পৃথিবীগী মৈশানা
নুমীৎকী মৈশা অমমসুং মঙালবু
ময়াই পুমচম চমহনখ্রবদা
নুমীৎনা কপ্লি ও খোংনা অতিয়াদা
মখোঙ মখুং শিং তিংথোক্লদুনা।

২৬ / ৩ / ৮৯

———

## ১০ থাকচিংগী অহিংসিদা

থারবা উম্না লোংখ্রদোনসি কুপথিবদগী
ঙনা মরুপশু ঙাংলি ঙাংঙমদনা।
ঙরানশিংনা নিংথম্বা থক-থক নীক্রি।
অদুবু এরতদি চঙ্গকময়' থিরি
লোংলেবা নখাদা লাঙ্গতেনদনা।

২৭।১২।৮৭

---

## ১১ থাশিরুমদাই অহিংগী থাজ

থরানশিংনা তংতনা লংনেরক্রবদা থোরকই
ল্‌হোংলকপা কুইত্রিবী থাজনা ইকায়না
চণ্ড-চণ্ডনরবা থাবলেপু ফিজেৎনরদুনা।
অপুবু নোংচুপথংবা চৌংদালেদুগী মরুমদা
তুমাহৌই কৌরোহলবদি পুমাচাক চোকথরদুনা।

১৫/৬/৭০

## ১২ অরোনবা অহিং

ঈচিক্ হুমব: নোংয়াই চবুক্তা
নীংথিজরবী অহিং লাইরেম্বীনা
মশাদগী অমুবা ফিজোল লোথোক্লগা
থাবলগী ইপোমদা ঈরোইদুনা শান্নরিবদু
য়েংলি থাজনা লৈচিল্লক্লগী চেপথ-চেপথদ্না।

৪।৭।৭০

---

## ১৩ নিশা কোক্‌ত্রিবা ড্রাইভর

ঙসি অয়ুক্‌ ঙন্তাসিদা
ঙরাংশী নিশা কোক্‌ত্রিবা নুমীৎনা
কাংখোঙ তারেৎ পানবা মাগী গাড়ীদু
হাইনা হুয়্না থোরক্লগা তকথৎলি
লোমী শিন্মাগী মথক্তা হঞ্জিন-হঞ্জিন।

৭।৭।৯০

———

## ১৪ তুমথবা য়াখিদ্রবা অহিং

উরাং অহিং চুপ্পা ঐ তুম্বা য়াখিদে
মীৎ হেক উইশিল্লুবগা
থাম্মোয়নুংদগী মখুং কয়া-কয়ানা
থবাক্কা কয়া থীল্লদুনা লাউবকখি
“থোঙ হাংঙো - থোঙ হাংঙো” ।

২৪ / ৭ / ৯০

— — —

## ১৫ লৈরোন চনখিবা

অহিংনা মথন্তা মায়া ঈচং থোনা
থক্রুবদগী নোংঙাইদনা তাইবঙগী অমম্বা
ওনখি খঙাহৌদনা লিন অমোম
অদুগা চঙখি ইমুন-মুম্বরদুনা
লৈরোন কয়াগী মনুংদা।

১৭/৩/৭০

---

## ১৬ পাউদম

অমুবা হুই অঙাওবা অমা
কোয়লোং লোংলী মীয়াম্না উদনবা
'দ্‌বু অহিং থুদিং মীয়াম্না তুম্নথ্‌বদা
ইনাক্তা কুমে মতু ইংপান পোল্লদ্‌না
'দ্‌গা লেকই মীম্না ঐ'ঙাঙ্গা হঞ্জিন-হঞ্জিন।

——



# ১৭ চঙজফম পীবা

তমথিরবা থাশি অহিংবা হায়রকই —
" মুংগ্র হৌজিক্তি তাইবঙগী মৈরা পুম্নমক্
মঙাল থিরিবা হে মৈরানবী !
চঙজরবদি এৌঙান্দা নকোক্ নোম্লদ্না
কোনশিনবিগনি নঙবু ইথানুংদা চেংনা। "

২৫ । ৬ । ৭০

---

## ১৮ ইকাইথৌবী থাজ

ৱাইহগী পাম্রারূদা চাংজো নাইদনা
ঙথক ঈপাম ঙাহৌনরিবা ইথিলসিদা
ঙৈরুপ্তুনা শান্নরিবা পুক্নিংগী কাংগুবু য়েংলূরগা
থাবলগী পারবা ইনফিনা মাকোক থুম্নদুনা
মোমোম্লনা লূকথরি থাজনা ইকাইজরদুনা।

২৯।৭।৯০

---

## ১৯ নোংজ্রুগী থাশি অহিং

নোংবা পুম্নাচাং চোংলবী অহিংনা নোংয়াইসিদা
মশাগী অমুবা ফিজোল শুমদোক্-শুমদোক্না
ইনাক্তা ফাম্ন নিংথম্বনা থক-থক নীক্রদুনা
অদুগা য়েংখংলকই হাইকেংতং মীংচিনা ঐরাংভান্দা
য়াম্না ইকাই হংঙাইজরদুনা।

২৬ । ৭ । ৯০



## ২০ নুমিদাংৱাইরম

মশিঙ থীঙমদ্রবা থা-থরানশিংনা
অতিয়াদা লৈবা সনাগী ফম্বালদগী
নুমীৎপু ইম্বুরকই নোংচূপথংবা চীংনুঙদা
অদুবু মমায় ঈচপমুক ঙাঙলদ্না
য়াম্নরি নুমীৎনদি চেৎনা ফম্বালদ্দা।

২৯ । ১০ । ৭০

———

ঐ অমসুং

ঐগী শৈরেং

( অনীশুবা তাংকক্ )

১ কক্থংলুবদা

অমুকথক্ এনা এগী পুন্সিবু
মকক্ মকক্ কক্থংলূবদা
চোংথোরকই শৈরেং মাতক-মাতক ।
মদুবু অমুক থুগাইরুবদা তারকই
ময়ি চৎলবা রাহৈ মথং-মথং ।

১০ / ৭ / ৯০

———

## ২ মহুম শাবা

অতূম্বা মৈগী চীং অম্মা পোকথায়রকপদা
চেন্নরকপা মৈগী ঈচেলনা চাইথোরকই
মশীং থীডমদ্রবা মৈরীকশিং নাক-মেৎতা
অদুগা মরেং-মরেং চৎলকই শৈরেং ওইনা
মহুম শাননবা মালেসিদা।

২৬।৩।৮৯

---

## ৩ মঙলান

থাবুম তরাদা নত্তে কুমজা কয়ানি
নঙবু ঐনা ইকোক্তা নাউপুরকখিবা।
অদুবু নঙনা ঙসি হংঙা মীকপরদুনা,
থোকহল্লে ঐগী পুন্সিগী অনৌবা অর্থ অমা।
থাজি হয়েংদি শান্নররনি ইমাঙদা চেন-চোংলদুনা।

২০ / ৭ / ৯০

---

## ৪ মীংকৃপ অমত্তুং শোয়খিবদা

অমুক্তুং থাদোক্লুবদা
কাঞ্জিনবা ঙমদনা চেনখি
ঐগী ভাওনা ফৈনা নারিবা মাইহিশিং।
মদুদগীনি অসুম্মক ওইনাম্রিবা ঐভান্দা
ঐগী শৈরংনা থেম্বা মাদনা।

১০।৭।৬০

---

## ৫ কেকু লোংপী

ঐগী মপারংনা হে হে হেক লোংথি থঙ্গাহৌদনা
ককথাওননা খিখি এনসু অহিং নুংথিত্র নাইদনা
ফংদ্রবদা হেক্রা থোরকই মহাক মাহৌশাদি থুংশেমদি
নত্রগা লোমা শিন্মীলক্কগী নোক্কুনা নত্রগা কপ্পুনা
'দুগা কোইথ চেনশিল্লক্কুনা ইঙকসিনা চোজংনন।।

১০।৭।৯০

## ৬ লাকশিনবা ঙম্লকত্রবদা

রাখলগী চক্‌ন্‌ মনুংদা হাপচিল্লী
ঈহিং নাইহিং শারবা রাইহশিং
অদুবু হেকতমক ফন-ফন চোংথোরক্‌ই।
মীংকুপ, অমত্তসু পন্থনা লৈয়্‌ য়াদ্রবদা
থুগায় রাখলগী চক্‌ন্‌দু পোপ, লাউনা।

২০।৬।৭০

———

# ৭ ফোঙদোক্পা ঙমদবা

থোরবা কলমগী মচীন্না থিন-থিন্দুনা
মিরাং থুরবা কোক'সিদগী ঈন্থোরকই
মখোঙ মথুং পুমপঙ পঙথরবা রাইহশিং
অদুবু, ফনা কন্না ফু-চৈদুনা হোংনরবদসু
খোঞ্জেলদি অমুকতসু থোরকউ ময়াদ্রে।

৫।৭।৯০

---

## ৮ নাম্বোক্তুনা চৎখ্রবদা

কল্লবা রাইহগী য়েংস্লিং থদংতুনা
নাম্বোকত্তুনা চৎথি ঐগা শৈারং
মৈদা ঈশিংদা নুংশিংতা লৈবাক্রা অতিয়াদা
'দুগা শকই ঈশৈ লৈথক লৈথা নিল্লা
মনীং তম্না, কনাগীসু অমুক হাচুংলহনা।

১২ / ৭ / ৯০

———

## ৯ মপুঙ ফাদবা খুদোল

কলম পায়দুনা সাহিত্যগী হৈকোল চঙ্লূবদা
কেল্লমলে রাহি খূদিংমক্তি মুনমন্দুনা লৈমায়দা
খবনা তৌল চৎলমলে খরনা পংতুনা লৈবমলে
'দুবু খূল্ল 'হৈ খোহৈনীংবা চীকথংলম্লবা রাহি খরদি
মরুপ. মপাং অ:দি খঙন চান্নবদা পীননবা।

১৬/৭/৯০

---

## ১০ নাম্থোকপা ঙমদবা

পেন্দবগী পি অমসুং ঈথংতনা থ্মহৎলবা
শৈরেংগী চগুংনরবা রাইহশিংদা খোঙদাক্লৌঙ
থোরকপা ঙমখিদে কয়ারক হন্না হোৎনরবদসু
নাম্থদুনা তু'খ হঞ্জিন হঞ্জিন মায়ঊপনরদুনা
নীংশিংলকই চক্রব্যূহ মনুংদগী অভিমন্যু।

২৬।৫।৯০।

———

## ১১ ইঙমদবা

মীওইবা হায়বা রাহিসি ঐনা
ইগ হেক হোৎনরুবা খুদিংদা
ময়েকশিংসিনা ফন-ফন চোংথোকখি চেবাংদগী।
'দুগা চেনখি কিনা ময়াঙলেন তেকথোক্লুনা
অমুক হন্না ঐভোন্দা মমায় ওনশিল্লুমদনা।

১৯।৭।৭০

———

## ১১ অনৌবা শক্তম

দষ্টৈবিন্দা লংথাক্লম্লবা ৱাইহিংগিং খুনগৎত্নুনা
শেম্লগা শক্তম'মা ৱার্কসোপ্তা পুশিন্দুনা
ঊৎলকলি ম্রেন্ত্রা খুদিংঙা পুথাক্তুনা
য়েংবিড্রি 'দুবু শক্তমসিদা কনানা
হাইফেৎতং ফাওবা সূপ্নতগী মীৎচিনা ।

৭ । ১৪ । ৭০

---

# ঐ অমসুং
# অকোয়বদা লৈরিবশিং

( অহুমশুবা তাংকক্ )

# ১ পোকৃত্রিবা অঙাংগী নিংঙাই

গর্ভদা লৈরিবা অঙাংনা
মখোন থোক্না কপ্লকই
অদুগা হাম্বরকই
ঐ মী ওইনা পোক্লিংদ্রে
মরমদি, পৃথিবীদা মীওইবা অমত্তসু লৈতে।

২৬ / ১ / ৯০

---

## ২ ললোনবা

লাইনিংবা খূংপু অমা থোরক্কনা
পাপকী পোৎলমশিং মীচমদা থোনগৎলগা
য়োলশিল্লী অশাবা পুণ্যশিং অপাম্বা মমলদা
মীচমনসু লৈনৈ মরো হিক্কোল য়োম্থোক্কনা
মতৌদুদা ইশ্বরনদি নোকই শিথ-শিথদুনা।

২৫।১০।৮৭

# ৩ লাইরৈবাকসিদা য়ৌরিবা খোঙ্গাঙ

হয়াঙবগী পুংলোন্না ধ্রুং-ধ্রুং
চৌক্রিংগী লান্না ক্রিক-ক্রিক
নহারোলগী নোংমৈনা ধাং-ধাং
আমিগী বুটনা জবেং-জবেং
থরান্নবা হকচাংদগী ফ্রং-ফ্রং।

২০।৬।৮৯

---

## ৪ খেন্নবা

নংপা কয়ানা চংশিবা
ঊফুল ব্রোঙ-ব্রোঙ হৌরবা লম্তোসিদা
নুপীনা খোঙথাং অমত্তংবু হেক থাংলংরবা
মখোঙদু ঈতনা পুম্নংপ লংপ্পী
লৈকায়নসু ঙাঙৈনি শঙ খন্দুনা।

১৩।৫।৭০

———

## ৫ মীশী শকলোন

মীনা মীবু পোকই অমসুং য়োকই
মীনা মীগীদমক কাপ্তাকই অমসুং শি
মীনা মীবু ওংলি অমসুং হাংলি
অদুননি মীনা মীবু মতম খুদিংদা
ঙক্নরিবা, নুংশিনরিবা, তুকচনরিবা, কিনরিবা।

১৩। ৭। ৮৯

---

## ৬ নোংগী বারী

ড্রং - ড্রং, ড্রং - ড্রং
তপ্-তপ্, তপ্-তপ্
রা - রা, রা - রা
ভ্রো - ভ্রো, ভ্রো - ভ্রো,
ওরো - ওরো, ওরো-ওরো।

১৫।৩।১০

---

## ৭ অহাঙবা

অহাঙবা অমগী মনুংদা ঐ
অদুগা অমুক ঐগী মনুংদসু
লোইবা নাইদ্রবা অহাঙবা অমা
অহাঙবা অনীসিনা চপ্তুনা থম্লি ঐবু
মমক পুমকাউ কাউথাকহল্লদুনা।

২৬/৬/৯০

---

## ৮ লালহৈ

পুক্নবু মতোইনা হাঙলক্রবদা
হকচাংগী কম্মাৎ থুদিংমক হৌনদুনা
চেনশিনখি য়াম্মেন লোয়শঙগী কাদা
’দুগা লেঙদনা ফম্মিবা য়াম্মেন মপুগী মমীৎতা
পুনশিনখি অমুবা ফি অমনা চেৎনা।

২৫।৬।৭০

---

## ৯ লাস্ট-ডেট

যুগ যুগ থুদিংদা লাংওনগদবা হে ইশ্বর
নাখোক্তুনা তুম্নগনু নঙ লৈগী শিজ্জাদা।
মালেমসিনবু ঊং ওইনা হেক তুমখ্রবদি
করিবু কান্নগনি রানা লাংওঞ্জরুবগী নাঙোন্দা
মতমদুদদি নঙবু কনানসু নীংনরারোই শোন্নরারোই।

১০।১।৯০

---

## ১০ মমল

অঙম্বগী মম্লবা মু্যজিয়মম মনুংদা
মমাংঙৈদগী পৈশিল্লক্লিবা অরোনবা অচুম্বা কয়া
য়েংনিংলবা খঙনিংলবা
পীবা তাই থরায় মঙঃমক
মিগা থানা তল্লকমক্ ।

২ । ১৬ । ৮৯

---

## ১১ থুইজিল্লবা থম্মোয়

ঐগী হকচাংদগী থাম্মোয়সে ফুক্রোক্লগা
খুবাক্তা থাঙ্গৎতুনা য়েংলুই নুংশাদা
লৈরম্মী থাম্মোয়দি পুম্নহাম হাম্লদুনা
মপুম ওইনা খোক্রোক্লবা কোম্লা মকুশুম
ইথুই থুইজিল্লদুনা।

১৯/৬/৭০

---

## ১২ তৌবিমন্দ খণ্ডবা

নুংশা মরক্তা হুম্মাংনা পূক্নুপ লুপ্পমচীখ
চেক মরোল মরোল লোনখৎতুনা
শাগৎলি ঐনা চাউরবা দলান অমা
'দুবু মথকথংবা চেক্তুনা ঐঙোন্দা য়েংথরক্লগা
মতিন শাৎথরকই ইথকসিদা ।

৮।৭।৯০

---

## ১৩ অঙকপা চৈনা

মাখোঙ মখুং অমমন্না ঐবু ফাগদবগী নেংকদবগী
কোয়তান তান্নরকাঙ ককথংলুই থাঙকক্ অমুমুক্তা
অদুবু ফাওরক্রবদা থাঙকক্ খুদিং ঐরাভান্দা চৈনা
খঙলকই ঐহাক, ইশামক্কী ঈখেং মরক্তা
তুদুনা লৈরম্বা ইখোঙ ইখুং নাম মাওদনা।

৭/৬/৭০

---

## ১৪ খোঙচৎ অমা

নোঙ্গাখৎরবা অচূম্বা, কঙ্খোকপা অমদি থোনা কয়া
কুমথরক্তই লমদমসিগী হাউল হকচাং পোল্লাংশিংদা
'দুবু পকাহৌদবনা সূপ্লগী মত্রীক অমত্তসু
তিনথি পিতনা চোৎলবা মালেম লৈমায়সিদা
'দুগা নোঙ্গানখি 'মুক মনিলওই নুংশাগী মৈশাদা।

১৪।৭।৯০

———

## ১৫ অনৌবা খোঙথাং

থম্মোয়দগী লাম্বারক্লগা সাহিত্যনা
চঙনখ্রে চাকখাউ মনুংদা
অদুগা থোক্লক্লে শকলোন কয়াদা
পাদম ওন্দুনা অকক্লবা মমলদা
খোইহী তৈরদুনা মফম খুদিংদা ।

১৯ / ১ / ৯০

---

## ১৬ মাঙুইনত্রবদা

মৈরী ত্রং - ত্রং হৌনা চাক্লিবা নুঙ্গীংসিনা
তাঙ্গোই ওন্দুনা কেমত্রিবা ফাওবদি
ঈংলারোই মালেমসি কৈদৌনুংদসু ।
মরমদি, পান্থ থুদিংমক্তী মাঙহনখে
খঙশিল্লদনা নঙ -- এনা মীংকুপ খুদিংদা ।

১২ । ৩ । ৭০

---

# অচুম্বা
# অমসুং অরানবা

( মরিশুবা তাংকক্ )

# ১ হংগী লাই

অচুম্ববু নুংশি হৈতনা তাম্বাকপিখ্রে
পাউ ফাওনবা য়াদ্রবা লম্নদম্ন অম্নদা
অদ্ দগীনি নোক্লিবা ঐ নোক্লিংদনা
করিগুম্বদনা কপলিবা অমুকসু কপনিংদনা
মুপ্পগী হিংননবগীদম্নক্ ।

১২ । ১২ । ৮৯

---

## ২ থাঙ থাগ্রবদা

অচুম্ববু ওপরেসন ঠিয়েটরদা পুশিল্লগা
শিন্দম্বা ডাক্টরসিংনা থাঙ থাদুনা শান্নরি।
ঈতনা লোথোং ওইনা চেল্লবসু
অচুম্বনা ফগৎলকপগী আশা তোরদুনা
মীচম প্রজাশিংনদি মপান্দা খোরাংনা ঙাইরি।

৬। ১১। ৮৯

---

## ৩ অরাংবা থাক্কী চৌঙ্গাক্

অচুম্ববু মক্রাঙ শেগাক্ শেগায়রগা
য়াইফো ফোই ওন-ওন্দুনা নুংশাদা, মৈশাদা।
অদুগা মকোক মরু অরদি মতোংশিংদু
থুম মোরোক্পা নম্ল-নম্লগা চাথোকই,
চাওখ্‌ৎলবা মীওইশিংনা মুগা মারিদুনা।

৮।১১।৮৯

———

## ৪ লমখাঙসিদা

চক্লবা উমং ফাওদ্না অচুম্বনা মথন্তা
হল্লকই লংফদগী মতম কয়াগী তুংদা
তামহৌরবী নুপী অমসুং মচাশিংবু নাংশিংলদ্না।
অদ্বু ঈখেং পাম্লবা অরানবা শঙ্ক্-শঙ্ক্না
হোংচিন্নরকই অচুম্নদা মায়কৈ মরীদগী ঙংলদুনা।

১৮।৩।৯০

## ১ থাগী তলব

নহাক্কী মরু হুনখিবতমক ঙায়রি
অ দুবু শেমলে নঙগী ম্লোংফমদি
নঙনা তাইবঙ ফাওরক্লি লৈঙসিদা
ওন্থোকপনিদকো
অভিমন্যু নঙগী নরাইবক।

১৪।২।৯০

---

## ১ কাকফৈ

নুঙদি মাথোন মাথোনগী দলান্দসু লৈতে
নাল্লবা সহরগী লম্বীদসু নোংমতা চৎতে
মীয়াম্না ইকাই খুম্না হিংবসু নাত্তে
'দুগা কদায়দগীনো আতোপ্পবু চীকপা হৈরুরিবা
কনানা তম্বীরকপনো অশাবা ঈ চুপ্পগী নহে।

২৮।৩।৮৯

---

১। আহাংবসিদা হোংদবা

আনৌবা চহী লাক্লে
অনৌবা পাউজেল পুবদুনা
অদুবু ইমা নহাক্কী কপাল
হান্নগী হান্নগুম অদুম্মক্
আহাংবা অমত্তসু নাইদনা।

১।১।৭০

---

## ৪ কম্মদবা খুংলোং

নঙদি লোংলিনি হায়দুনা পঙালোংতা লোংলী।
অদুবু উই ঐনদি মৈদা ঈশিংদা নুংশিংতা
লৈবাক্তা অতিয়াদা নম্রগা মহৈশাগী খুংশেমদা।
অদুদা নঙনা মুক হোংনৈ লোংননবা কাম্মদনা
অপঙবা তৌদুদা ঐনা নোকই থরায় তানা'

৬।৪।৯০

## ৫ নওনা চীংদোন্দা লেপত্রবদা

মীরোন কয়া থাম্মোয়গী লৈমায়সিদগী
চুথরক্লি নোংখাও ফুয়না পিগী নোং
ধুমগৎলক্লি ঐগী য়াখল লৌশিং পুক্লিং
তাউথখি নীংজবা কয়া অমত্তসু খুনগৎপা নংহৌদনা
অদুবু চোংহনবা ঙমাদে নাঙোন্দদি সুপ্পগী পিরিক্কমত্তসু।

১২ / ৬ / ৭০

---

## ঙ হায়জরমগনি

নথো লোইস্লিঙ নঙবু কৌরুবগী
খম্নং কিকোই লোওনবীনা নঙবু উবঁদা
মশাগী কঙ্কাল থাদোক্নুনা ননাক্তা চেনশিল্লমগনি
অদুগা হায়জরমগনি নখোঙদা তুম্নদুনা
" ঐহাকপু ঙাকপিয়ু, ঐহাকপু ঙাকপিয়ু " ।

৫।৭।৮৯

---

## ৭ মমিংতা ভাম্বরবা মুক্তীশাব।

নওদি হন্নুরে তাশেংনমক
মমিংতা ভাগীরে মপাঙ্গল য়াওদ্রে নখুং নীক্লে
অক-কত্ত; অমুম-অয়ান মশক মুন্না খঙদ্রে
অমুবনি নওনা কুম্মাক হন্না হোৎনরবদসু
শাবা ভঙদ্রিবা মীওইবা অমত্তসু মালেমসিদা।

১৪ : ৫ । ৮৯

—————

## ৮ পোক্লক্ষম লমদমগী লৈমায়

খোঙফম ল্মমতং চেংহৌদবদা
নথক্ৰা ঐবু খুদি থাদুনা তুহনবগীদমক্
শাউরুই নঙবু থীনা চৈরদুনা
অদুবু হৌগংলকই ইমা ঐ অদুম্মক্
নঙগী নতম্মাকসিদা অমুক্ শোরদুনা।

১৭। ৬। ৭০

---

## ৯ নীংশিংবা

নহাক্না তাইবঙসিদগী চৎখিবদা খল্লমগনি
নীংশিংবা পুম্নমক্কী মমহল্লম্লে পোৎলোইবগী মৈখুনা
অদুবু মখোয় ঙম্নমক্কী চেন চোংদুনা শান্নররি
মথৎ্তায় পাল্লদুনা মীৎমাঙসিদা
মখল মথেলগী ঈশৈ শক্লদুনা।

২৬।৬।৭'

———

## ১০ নঙগী কন্নবা শক্তম

নূপী অমনা নমাওদা ও খোংনা কপম্মা
'দুবু মতমদুদা নঙদি মোমানদমক্ নোকখি।
ঙসিদি নূপা অমনা মমাংতা ঈ কারদুনা
নথক্রা শীংজংনা হঞ্জিন হঞ্জিন য়ান্থুরি
'দুবু মতমসিদসু নঙদি মোমান্নমক'দুম মনোক্লি।

১১।৪।৭০

## ১১ কয়ম্মা লাক্কনি

মতমদি খোঁরাংনা ঙাইরি এঁতবু
মথম্মোয়দা থাজবা কয়া চেংনা কোকদুনা
অদুবু ঈথোঙ ঈখুং ঙন্নমক্ন কথংগিশিন্দুবদা
করম্বা পাম্বনলো নরাক্না লাক্কবা
ঈথংতনা ল প্লবা শা শেফংসিদগী ?

১৭।৩।৭০

---

## ১২ হৈনস্তরদগী

নঙগী খৈনাইদ্রবা নাহংগী ঈরোম্নুংসিদা
পাউখুমগী মুক্তা খুন্নবা লুপথরকখিবা ঐ
হরাউরুই ফংলে খন কুইরবগা তুংদা উসিদি মুক্তা
অদুবু উমদ্রে ফাওগৎপদি ঐ ফনমক হোৎনদুনসু
লুপথবতমক হৈনরকখিবনা নঙগী ঈরোম্নুংসিদা।

১২ । ৬ । ৭০

---

# ১৩ খোংজোমগী নুমীৎ

নরমদপসিংগীদমক্ নঙনা কয়ারক তন্নখি অশিববু
নতৌদুদা চেনখি অশিবনা ময়াংলেন তেকথোক্নুনা
'দুমকপু নঙনা ফাখি নমদুনা মাবু খেব চীঙ্গোন্দা
অদুগা থাঙ্গৎখি নকোক্তা য়াংনা
মতমদদা হায়জখি অশিবনা "ঐবু'মুক থাদবিরগনু"।

২৫ । ৪ । ৯০

— — —

## ১৪ সনা ফো

শেক্সীরকপগীদমক নঙবু ঈশ্বরমক্কি নীংজরুই
অদুবু ঐনা ঙসি মপূঙ মীর ফারক্লবসিদা
লশমদা পায়দনা ঈকোক্ ককথৎননবা
নখূৎনা থাঙ্গোল থাঙ্গলবতদা খঙলকই
ঐবু য়োকপিরম্ননি নঙনা সূপ্নগী নবুক্ থন্নবগীদমক্ ।

১২।৫।৭০

———

## ১৫ শিনাইদবা

পুন্সিগী অয়ুক্তা খোঙফম চেৎনা লেপ্লগা
নুমিদাংরাইরমদা নখুৎনা পায়খিবদুদদি
মীয়াম্না য়েংনখি নঙবু ঙক্লা অমদি কল্লক্লা।
'দুবু নঙনদি চৎখি অয়ুক অমসুং নুমিদাংরাইরমগী
ফিজীন অনীদু খুংথুপ থুপচিল্লম্লগা নিংঙাইদনা।

১৮ । ৫ । ৭০

১৬ লমজেল

অমম অঙানগী লংদাইদা শ্বা থারকখিবগ
নঙবু লংথোক্লম্লগা চেঙ্লকখি ঐ য়াম্না য়াঙনা
চীং পাং তুরেল উমং অমদি লৈকংলা কয়া লাম্থোক্কনা
অদুবু পূমচোক্ চোকথরদুনা লমথুংফম য়োৎকপদদি
নঙনা ওক্লম্মী ঐবু নপারম্বাম, অনী থাঙংলদুনা।

১৬।৬।৭০

## ১৭ অশিবনা মায়থীবা

নঙদি শিখ্রবনি চহী-চা কয়াগী মমাঙদা
অদুবু হিংলি হিংখিগনি মতম চুপ্পদা
মীওইবা কোবসিনা হেক লৈরিবা মখৈদি।
অদুননি নঙোন্দা অশিবনা মকোক্ নোল্লদুনা
চহী খুদিংগী লৈ খুজোক্-খুজোক্ কংলরিবা।

১৮।৫।৭০

---

## ১৮ চৈরুৱবা মতুংদা

মঙবু ঙাইরক্লিবসি কুইরবনি
লাকমন্দ্রবদুদা শাউনীংনা চৈরুবনি
অদুবু নোক্লকই মঙনা
থম্মোয়গী থুপ্লবা কাচিন্দগী
নক্লা, য়াম্না নক্লা থীক্ থীক্ ।

৩।১০।৮৮

———

## ১৯ কাম্নদবা থৌরাং

নঙগা মায়োক্লনবা শেম শারকখিবনি এ
ঈমীৎ লাওথোক, ঈয়া ক্রক-চীক,
খুতুম শীং ঈথোঙ থীন,
ঙুরু নঙনা ইতুংদগী ইখঙ খঙহৌদনা
নমখি লংশমদা অসুম্মক লেঙবা ঙমহন্দনা।

৫।১৪।৮৮

---

## ২০ অঙকপা থৌনা

তোঙান তোঙানবা বিজ্ঞানগী চাংয়েংদা
অতিয়াগী শংবান্নবা মচু কোকথরক্লে
মথকথংবা কুরাংবান ঙম্না হুদোরক্লে
নাপু মচুগী নোংলীক্লা ফূইনা চুথরক্লে
অদুবু খাঙলী মালেম নঙদি খাচিক্লনা 'সুম্মক ।

৭ / ৬ / ৯০

---

## ২১ ৱারৌখৌবা

উৱাংতা হায়খিবদাইনে — "কোক ঙাওই
হৌগৎপা ঙমদ্রে ফমুংদগী"।
অদুগা কদায়দগী করম্বা থৌনাননো
হৌগৎতুনা চৎখ্রিবা নঙনা তুমিন তাইবঙসিদগী
খামজনবগী তঙ্গা অমত্তসু পীরমদনা।

৫।১১।৮৯

———

## ২২ বিজ্ঞান্দা

নঙনা মালেমদা হেক খোঙদারকপদগী
পীকশিনহনখ্রে ঙসিদি মালেম অঙ্গসুং তাইবঙপাল
'দুবু তিন্নহনবগী মহুত্তা অমগা — অমগা
লাপথোক্করক্লি মীওইবদি মশানা মশাদগী
অচৎ - চৎত অনদি মহৌশা খুৎশেমদগী।

২৩ / ১১ / ৭০

---

## ২৩ লমচৎ নাইদবা পৈশা

লোমী - শিন্মী অমদি মীচম প্রজাশিংনা
নওতবু লাইনীং ওইরি মীৎকুপ খুদিং ।
অদুবু নওদি য়াওন্নরি মতম চুপ্পদা
অওম আথৌ অমদি করবার রালাশিংগা
নশাদা নফি মচেৎ অমত্তসু থোংদনা ।

৩০ । ১১ । ৯০

---

## ২৪ ব্রাহং

মৈরী থোক্লবা নোংথক্কী তেম্না
হঞ্জিন - হঞ্জিন কাপশিল্লবসু নথবাক্না
থোংলবা লৈনাদু নুঙদগীসু হেম্না কনশিল্লদুনা
করিগীনো থাওলিবা 'সুম্মক থাচিক্লনা
মমৌং পাঙনা পাঙনা তুম্লিবশিংসিগীদমক ॥

২৯ / ১১ / ৯০

———

## ১ শিজবা ঙদমবা

*চেনশিল্লুবনি ঐ কয়ারক্ অশিবগী মখয়াংতা*
*'দুবু অশিবনদি লৈ করিসু ইতৌ তৌদনা 'সুম্মক্*
*শিজগে য়াদবগী মরম হংলুই অশিবদা ঙক্লা*
*মতমদুদা খুম্লকই অশিবনা মোমোন নোক্লা —*
*"নঙদি শিখ্রে মতম কয়াগী মমাঙদা"।*

১।৭।৯০

———

## ২ চফক্লবা

হঞ্জিন হঞ্জিন কয়ারক চৎলে ইথন্তা
ঐগী পুন্সিগী লৈরক কোঞ্জাং খুদিংমক্তা
অদুবু থেংনদে কনাসু করিসু।
রাইহগী থারবা ফৈজ়ুপ, মনুংদা
পুক্নিংগী ইথিলনা নাখোক্তুনা তুমখ্রবদা।

৫।১২।৮৯

---

## ৩ উ

উ য়ানবা নুপাসে লাক্লে
মখৎত্তা থোরবা শীংজঙ পায়রদুনা
অদুবু ঐদি লেপ্লি অসুম্মক
পোকপদগী লেপ্লক্লিবা খোঙফমসিদা
নুংশা মপী হোল্লদুনা।

৪।২।৯০

———

## 8 শুংগী ফিভম

এৈনা চঙলুমৈঙ ইশা মনুংদা
শীংলম্মী হ্ পুবা নুংশীংমা কয়াং শীন্না
নৈথেকপগুম ময়াই কারবা শামু লমশানা
থল্লম্মী চাকখাউ মনুংদা ঈথেংতনা
তাউরম্মী মদুদসু অহিংবা শদোং মচেং-মচেং ।

২ । ৬ । ৯০

———

## ৫ মমি

ঐনা অমুকথক শকায়েং মিংশেলদা
উরুই অমুক্তসু উখিদ্রিবা শক্তম'মা
কিরদুনা শক্তমদু মুৎথৎকে হোৎনরুবদা
হায়রকই ঐঙোন্দা নোক্লদুনা
"ঐসে নঙমক্কী নমিনি"।

৩০ / ১১ / ৯'

———

## ৬ লুরিবা ব্রাক্ষম অমা

ঐ নঙ মা অমদি অচৎ-চৎতশিং
খঙঙী ঈশ্বরগী শরুক অমমমনি।
অদুবু লুরিবদি ঐহাক ইথন্তদা
ঈশ্বরগী মগুন খুদিংমক হাপচিল্লগা
ইশানা ইশাবু ঈশ্বরনি হায়নিংলিবসিনি॥

১।১২।৭০

---

## ৭ থাজবা হাৎপা

দধিচি মুনিগুম ঐহাক্নসু ইশাগী শরূশিং
পীথিবনি লাইগী মচাশিং নখোয়দা
অদুবু শাবিবগী মহুত্তা খুংলাই অমত্তসু
চাথোক্খ্রে শরূশিংদ অহাউবা চাকলেন ওইনা
শরোই ঙারোই হিংচাবশিংগা তিন্নরদ্না ।

১৬/৯/৮৯

———

## ৮ মোংফমসিদা

অশিবা হকচাংদি তারি চবুল-চবুল
ঈখেংতনা লূপ্পদুনা অনকপদা অরাপ্পদা
'দুবু ঐগী মীৎলুদদি য়াওরি পিরিক খরদমক্
খঙদে করম্বা হকচাংবু খনগন্তুনা চামগদবা
আতোপ্পদি অমত্তসু য়াওদ্রবদা।

২০।১২।৮৯

———

## ৯ ৱাংমদা

অমুকথক চংলুই ঐনা ৱাহৈগী ৱাংমদা
তাইবঙগী লোন থূদিংমক্কী ৱাংমদা।
মফমদুদা লৈরম্মী মরু লূকথরদুনা
নমথবীরবা পূক্লিংগী ইথিল কয়া – কয়া
অমুক্কুসু ৱাকৎচবা ঙমহন্দনা।

৪ । ১২ । ৯০

———

## ১০ হায়জরকপা

মরু ল্কথদ্না তেংথারিবা মথোয়বু
উরুবদগী মনাক্তা এনা চগুল্বদা
থাঙ্গৎলকই মতোং য়াওদ্রবা মমায়শিংদু
অদুগা হায়জরকই এঙোন্দা নুংহিক্করদুনা
"মীওইবা এখোয়বু অমুক্কুংদি কনবিয়ু" ।

৩০ । ১১ । ৭০

———

## ১১ ঐনা মাঙখিবদা

ঐনা ইথন্ত্রা নাইতোম্না লৈরিবগী
নাপল কাজরম্মী ঈশোং ফনজ্বরম্মী ;
অদুবু অমুক্তং নাখোয়দা তিনশিল্লুবগে
মাঙখ্রে ঐ থিফম খঙদনা
নাখোয়দগী অসুম্মক থাইদোকপা ঙমদনা।

৬ । ৫ । ৭০

———

## ১২ ককঙাঙনরুরবগী তুংসিদা

ঐনা চৎলুরূ ইফমদগী লাপ্পা  
ইশাগী ইশক ইম্মিং হোংদোক্লদুনা  
অদুবু কনানসু ঐবু কৌবি খঙবিদ্রবদা  
ঐনা হল্লকই ইফমদা অমুক লোন্না  
'দুবু নঙনদি কপ্লম্মী ঐবু চেৎনা কোল্লদুনা।

৪।৬।৯০

———

## ১ মায়োক্লৱবদা

পুন্সিনা ঈচং থোনা লাউরুই
মাগুদা চেল্লিবা অশিবদা — "ঙাইখো" ।
তুকচনা থীরবা মমায়দু লৈশিল্লক্লগা
অশিবনা মনাক্না শাউনা চণ্ডশিল্লকপদদি
পুন্সিনা লেপ্লি থক্-থক্ নীক্লদুনা ।

২২ । ১২ । ৮৯

---

## ২ থোৱাী চিংনবী

অহিংবনা শাফু কন্না পুন্সিবু হকচাংদগী চিংলকপদা
য়াওখি হরাউ তয়াম্বনা থল্লবা আশা কয়া।
'দুবু ঙসিদি খঙহৌদনা অহিংবদগী অমুক অশিবনা
মমীং লাওথোক্নুনা পুন্সিবু খংচিং চিংলকপদা
মতং-মতং তংগ্রে ঐগী আশা অমদি পুন্সি।

১৪। ৩। ৭০

———

## ৩ নক্লা উরুবদা

অশিববু অমুকথক নক্লা উরুঙৈ
মীংকুপ্তুদা মাঙখি পুন্সিগী অর্থ ।
কোমথোক্লুনা হীকথখি চেংলবা লীপুলশিং
ইহাম হামখি এগী তাইবঙ অমদি হকচাং
নায়তোম তাহৌখি অসুম মীরকসিদগী ।

২২ । ১২ । ৮৯

---

## ৪ অশেংবা অচুম্বা

অশিবদা তোংলদুনা থোরকপনি এনা
ঈমীৎ উইশিন্না খূরূপ, থারদুনা।
অদুবু চোকথরবতদা খঙলক্লে ওসিতা
থোরম্বা অশিবনা ঈথক্না তোংলদুনা
লম্থুংফম য়োরমদাইদা খূরূপ, থারদুনা।

৫।২।৯০

———

## ৫ লফূ কাবা

চাদবনা মবুক হাপ্লবা পুন্সিনা
কাখৎলো থাউ তৈরবা হিংবগী লফূ পাম্বীদা।
তাশিল্লবসু হন্না-হন্না অসুম্মক নীংদু য়ৈদুনা
কাখৎনবা হোৎনবদি লেপত্রি কৈদৌনুংদা
লফূ মতোনগী ফীরালদু য়েংখৎলদুনা।

১৪।৩।৭০

———.

## ৬ অরোইবা খোঙচৎ

ঐদি শিখিবা কুইরে।
অদুবু হিংহৌরি ঐ অমদি
ঐগী নুংদা নাপল তৌনা।
হিংলিবা ঐসিনা পুরি অশিবা ঐগী হকচাং
মরেংবান্দা থাঙ্গৎলদুনা মোংফম তান্না।

৩। ৪। ১০

———

## ৭ চফু থুগাইবী

অশিবনা অমুবা চফু ওইনা
তোংলি পুন্সিগী চৈদোল্দা নীংঙাইদনা।
মমীং খুমজিল্লবশিংনা চৈতূপ পায়দুনা
হাইগংতুনা কন্থরবসু চফুগী মপা লাক্কুনা
পান্দ্রবদা নোকই অশিবনা খেল্লা-খেল্লা।

১২। ৩। ৮৯

———

## ৮ থাঙককসিনা লৈপত্রবদা

পুন্সিবু অশিংবনা শদলঁ মথক্তা থাঙ্গৎলগা
থোরবা থাঙপাক্কী থাঙকক্ অমুমুকতা
ককথংলী মাখাঙ-মথং হিংনা-হিংনা ।
চৈনাদুদা পুন্সিনা খাঙত্তী ক্রিং-ক্রিং চোংলদনা
অদুগা শান্তি মমীৎতগী মপি চদুম-চদুম ।

৪ । ৬ । ৮৭

———

## ৯ পুন্সিনা মায়থীরবদা

কুদাম মঙা পানবা ফ্রীৎ কবচদু
লীৎশিন্দুনা মায়োক্নৈ পুন্সিনা অশিবগা
অদুবু তৎখিবদগী কুদামশিংদু মথং-মথং
পুন্সিগী হাঙলবা মথবাক্তু শেগায়দুনা
ঙীখেং থকলি অশিবনা খোবোম থল্লা।

২।১২।৭০

---

## ১০ মখা অমস্থং মথক্

ইপোম হৌরবা মতমগী ইরৈদা
তোংলদুনা য়েংথর্লি অশিবনা থরায়দা
করেম্নরবা মীনোক'মা মায়পুনরদুনা।
অদুবু চৎলি থরায়দি চৎঙমদনা
সূম চারবা পুন্সি উরোক থোংসিদা।

১।১২।৯০

———

## ১১ মচীঞ্জাক ফংত্ৰবদা

অশিবনা সাইন্টিসশিংগী লেবোরেটরী মনুংদগী
থিন্দোরকই মপান্দা মখূং লীশিং-লীশিং।
অদুগা খঙহৌদনা ফাখি পুন্সিবু মঙক্কা।
মখোঙ মখূং ফ্রং-ফ্রং কাওজরবসু
চিংশিনখি অশিবনদি পুন্সিবু তপ্পা-তপ্পা।

৩ / ১২ / ৭০

———

## ১২ মরূপ অনী

পুন্সিনা হায় — "ঐদি পোকনীংই,
শিবা নাইদবা অশিবগী মপোক্লা" ।
অশিবনসু হায় — "ঐসু পোকনীংই,
পোকপা নাইবা পুন্সিগী মপোক্লা" ।
মীৎকুপ্তুদা কোনশিন্নৈ পুন্সিগা অশিবগা থানদনা ।

৩ । ১২ । ৯০

———

## অইবগী ফোংখ্রবা লাইরিকশিং

১ ) ফৈন চিংশিল্লক্লিব লৈই
( শৈরেং ) ১৯৮৮

২ ) মীৎকপ থোক্লকপদা মঙলাক্লবা
( রারীমচা ) ১৯৮৯